শান্নবা আসগা লোয়ন লোয়ননা মথং মথং অহুম শেমদোক শাদোরকপনা হৌজিক পথাপ নাইনা শান্নরিবা কাং অসিনি। কাং থরো শান্নবদি মরায় চায়থরক্লে। অহুমকপু মণিপুরগী কাচিন-কোয়াদা অঙাংশিংনা শান্নবা উরি। হৌজিক ফাওবা শামু ময়ানা শাবা কাং ইবেম্মশিংনা থৃংশু ওইনা শিজিন্নরি।

শিব দুর্গানা কাং শান্নৈ, মহাভারত্তা অভিমন্যুনা কাং শান্নৈ, মোইরাং শায়োন্দা কাং শান্নৈ হায়বসিন্থ হায়নরিবনিনা চুমলমগনি অহুম ওইনমক অকুপ্পা মরোলদি থিবা ফংদবাননা মতম অহুগী মশান্ন অহু লামশিনবা ঙমদে। মীতৈ পুয়াগী মতুং ইল্লবদি কাং শান্নবা অসি লাই-তিনগী রাফমদা পুশিন্দে। ওইরবসু লাই-তিনগী মশান্ন অহু মওং অমদা থমখ্রে। মীতৈ পুয়াদদি মশান্ন অসি মীতৈ লৈবাক্তদা শান্নবা, মীনা হৌদোকপা হকচাং শাজেল ওইবা, হুংঙাইরবা মশান্ন অমা ওইনা প্রমাণ তৌই।

# কাংখুৎ নাইবা
## ( Team Work )

কলি কুমশিং ৪৯৫১, খৃষ্টাব্দ ১৮৫১, শকাব্দ ১৭৭৩ চন্দ্রবাব্দ ৩৬৬ শুবদা শ্রীচন্দ্রকির্ত্তি সিংহনা ফম্বাল তোংই।

মহারাজ শ্রীচন্দ্রকির্ত্তি সিংহ স্না-হাত্তুক্তা মথল মথলগী শান্নবা, ফিজেৎ লৈতেং, হয়াও-কুশ্মৈগী ফজবা অসি হেনগৎহনাখ। কাং শান্নবদা কাংখুৎ নাইরে। মী তরেৎনা কাংখুৎ ওইরে। কাংখুৎ কাংখুৎ মায়য়োক্লহনা কাং শান্নরে। করিগুম্বদা পোৎ লান্নহনা, করিগুম্বদা শেৎন-ইম্নফি শীগুনহনা থরাই য়াওনা শান্নবস্থ চৎনরকই। কাং শান্নবদা মুপীখুৎ, মুপাখুৎ নাইনা শান্নে। মতম অসিদা লৈমরোল তরেৎকা মুপা তরেৎকা কাং শান্নবা য়াম্না কল্পা চৎনরম্মী। মুপীখুৎ ( মুপী পূন্না মীচং ওইবা ) শান্নবনা মরু ওইবনি। কাং শীগুনহনা শান্নগনি হায়রবদি মুপীখুৎ শান্নবা কাংবু খগুনরম্মী। লমথা চোকফৈ মরিক চুমই। চোকফৈ পানবনা অয়াম্বা মতমদা মুপীগী শরুক—লমথা পানবনা মুপাগী শরুক ওই। মুপীস্থ মুপাস্থ লমথা চোকফৈ কাপই। চোকফৈনা হান্না কাপ্পী। মুপীনা মঙ্গুং চল্লি-মুপানা মতাই থংই, কাংখুল য়াৎপা হৌদোকলে। লমথা, চোকফৈ কাংখুল থায়দোকই। মুপীনা চোকফৈ কাপ্পনা মঙ্গুংদগী কাং হৌরকই ( কাংখুল মরক ) মুপানা লমথা পুবনা মতাইনা লমথা হান্না কাপ্পী। শীগুনহনা শান্নবা কাংদি মী তরেৎনা মীচং ওই। অহন নহা থায়দে। চোকফৈনা থরা লুবনা মুপীনা মশিং হেল্লম্মী অতুগী মথক্তা মুপীনা

মুপান্দগী কাং তোয়না শান্নবা হেন্নন্মী। মহারাজ শ্রীচন্দ্রকির্ত্তি সিংহ স্না হাক্তক্তা মুপা ওাক্তা শান্নবা কাংখুৎ হৌদোকই। লমথা চোংকফৈ তোয়না পানগনবা মী খন্দুনা স্না কাংখুৎ লিংখৎলি।

শান্নফমগীদমক থৌওইনা শেম্বা কাংশং লৈরমদে। মাঙ্গোল অচৌবদা শান্নরম্মী। চাওরবদা লম মরি (ফুট ২৪) কল্লমদে। অয়াম্বদা লম মরিদগী হুম্বা ওাক্তনি। লমনগা তেনবগা তোয়না শান্নরকপগী হৈবা হেন্নরকপগা কাংখুৎ অমনা কাপখিবদা পাকনা কাং থারক্তে। চোংকফৈ অনি পাল্লগা লমথা কাম্নী। লমথা অমা পানবদা পাঙ্গল অমা কৌরম্মী। লায়না লায়না পাঙ্গন কামনখিবনা খুৎকাপ অমুক্তা পাঙ্গল য়াম্না য়াম্না কানৈ। তোয়না কাং কাপ্পনবগীদমক মরক চংবগী পথাপ অসি মহারাজ শ্রীচন্দ্রকির্ত্তিসিংহগী মতমদা পুথোকখি। চোংকফৈ কাংখুল্লা মরক চংবগী রায়েনফম ওইখি। অহুম ওইনমক মুপীখুৎ শান্নবদদি মরক চওনরমদে। মুপাখুৎ শান্নবদা মুপী মরি মুপা অহুম, নত্রগা মুপী মঙা মুপা অনি ওইনরম্মী।

নিংথৌ স্না খুৎস্থ ওইননবগীদমক নিংথৌজাম্বা শেলুংবনা কাং অমা চানা শাত্নুনা কৎলি। উরী কাংখিনগী মমিং লৌহুনা কাং অসি উরী কাং হায়না মামং থোল্লি। মতম অসিদগী হৌহুনা উরী কাংনা শজি-শওাইগী মচিনা শাবা কাংগী মহুৎ শিনবা হৌনরকলে। অয়াম্বনা কাং শান্নবা হৈনরবস্থ কাং লোইবা মীগী মশিং য়ামলমদে।

---

কাংখিলগী মকু অওাংবা অসি খোল্লগা চানা শাবা কাংগী কাংমাইদা হুজননবা নপশিন্নরম্মী—অতুনা উরী-কাং কৌরকপনি।

শাম্ মন্নানা শাবা কাংনা মুপীগী খুৎশু ওইখ্রে। অতৈনা ইন্নোই মচিনা শাবা-থেঙ্গুমথানা শাবা কাং শিজিন্নরকই। কাং মশিং য়াম্মদবা লৈন্নবা মরমনা শীঙনহুনা শান্নবা অকনবা মুপা কাংখুৎমকস্থু কাং হুনগৎনহুনা শান্নরম্মী। হৈন-হৈনবা কাং থন্দুনা চোককৈ লমথা কাপনরম্মী। শান্নরিবৈ মতমদা এগী মীগী নাইরমদে।

চোককৈ নামা পানবা মী অহুনা কাংখুল তরেৎকী চোককৈ পান্নবা কাপ্পস্থু হোদোকই। মসিবু কাং খোম্বা কৌই। চোককৈ নামা লৈরগা খুৎ থাবা তারকপা মতাংদা কাং খোমহুনা লমথা কাপ্পবা হোৎনবনি। ( চোককৈ তরেৎ নম্বাল পানবা অহুন্নদি ওইরগা কাংখিন খিনফম হোংবগী মতুং ইন্না নিপাল্লক কাপ্পদা তরেৎলক পানবা ওন্নগা কাং খোম্বা কৌহুনা লমথা কাপ্পা চৎনৈ )।

---

# মাইনুপেমচানা চোকফে কাং খোম্বা

কলি কুমশিং ৪৯৯০, নোংদালাই ১৮৮২, চৈথারোল চন্দ্রাব্দ ৪০৫, শকাব্দ ১৯১১, খৃষ্টাব্দ ১৮৮৯ শুবদা শ্রীল শ্রীযুক্ত মহারাজ শুরচন্দ্রনা মণিপুরগী নিংথৌ ওইরে। মতম অসিদা মনাও ইবুংঙো শ্রীকোইরেং সিংহ (টেকেন্দ্রজিৎ)না শ্রীরারিবম বোড়াচাওবদা কাং শীঙই। বোড়াচাওবসু কোন্নুং খনবনি নিংথৌ মনাই অচানবনি। কাং শান্নবগী রাফম অসি শ্রীযুৎ য়োনরে। শ্রীযুৎনা য়াথং পিবীরে, মঙানি শুবদা লুংথিল চাকচা-হেক তোকপগা বৃন্দাম চন্দ্রগী বৈথোপ শঙদা শান্নো তাকাপরে। কোন্নুংদগী বঝাই বেঙ্গুন, অথেল-পোৎ, শিঙেল লৈরাং লান্নবা থৌরাং তৌবীগনি খঙহনবীরে।

কাং শান্নবগী রাফম অসি বোড়াচাওবনা মাগী মরুপ লৌরেম্বা তোম্বদা হৌদোকই। তোম্বনা অতোপ্পা মরুপ অমগা লোয়নমা খ্বাই ব্রহ্মপুরদগী মাইনুপেমচা, কবোলৈকাইদগী থোকচোম চনু থম্বাল, রাহেংবম লৈকাইদগী ময়াংলম্বম চনু অঙৌবী, ওইনাম চনু মালিকা মরি অসি নেকউত্নুনা মখোয় অহুম্না কাং তোংই। নাকল অমদনা খুরাইদগী ইঙুদম চনু শ্যামা, য়াংথৈদগী তোইজম চনু ইন্দুমুখী, কৈশামথোংদগী লাইশ্রম চনু কমলিনী, য়াইস্কুলদগী মোইরাংথেম চনু চন্দ্রাবলী মরি অসি নেকউত্নুনা মনাও ইবুংঙো শ্রীকোইরেং, শ্রীগুনো-শেলুংবা, অমদি শ্রীথম্বৌ শেলুংবা অহুমনা কাং তোংই।

শ্রীযুৎনা কাং ঙাকই, লৈবাক কুম্মো ওইনা শান্নহল্লি, শীঙনবা ওইনা শান্নহল্লে। লৈবাক নিংথৌগী য়ায়েন্দা চহি মতাংগা, ব্রাহ্মনগা-

নিংথৌমচাগা চাংদমনহুনা শ্রীকোইরেং সিংহনা কাং হাল্লা হৌই, থোড়াচাওবনা ফমেল ফমহুনা কাংখিল খিল্লি। কাংবাল্ ফজবা খুদিংগী ভোলেন বঝাই থোংবনা বঝাই থোংই। মনাও ইবুংঙোগী কাংখুৎনা কাং হৈবা খরা হেনখিবনা থোড়াচাওবগী কাংখুৎ অসি পন-ওল্লমদাই কাওবদা পাঞ্জল নিক্ পোরে। মুমিৎ চায়থরক্রে--চোক্‌কৈ নামা পাল্লগা কাং থারে। শ্রীযুৎকি য়াথং ফংলহুনা পন-ওম্নরে। থোড়া-চাওবগী খুৎকাপ থোকলে, কাং হুনগৎলকলে। তাওজিং হৈরাং, শিঙেন লৈরাং মতাং চানা লাল্লে। থোড়াচাওবগী কাংখুৎনা পাঞ্জল মথং মথং হন্দোরকতুনা সুপনগী পাঞ্জল মঙাদমক মঙাংরে। উরী কাং হৈনবনা উরী কাং কাপতুনা শামু ময়াগী কাং হৈনবনা শামু ময়াগী কাং কাপতুনা মীতৈ চনুরাশিংনা পাঞ্জল হুনগদবগী থল্লাই য়াওনা কাং কাপলকই। মুপানা লমথা শোয়রগা মুপীনা লমথা কাপতুনা থিংগৎলি। পাল্লগা লোইরবা লমথানি। চোক্‌কৈ নামা পানবা মীনা চিরবা মতমদা কাংখুল তরেৎকী চোক্‌কৈ নম্বাল পান্দুনা (খোমহুনা) লমথা কাপ্পম্ন চৎনরকই। ওমদ্রগা চোক্‌কৈ নামা হাল্লা লৈবহ্ মাঙহনখি। চোক্‌কৈ নামা হেনবনা পাঞ্জল থোইবা শক্লরম্মী। পাঞ্জল মঙা হুনগদবা রাৎলিঙেদা মুমিৎ তাগদোরে। লমথা তানফম ওইথংবা মতাইমথংদা পৈমচাগী ফমফমনি। চনু মহাক্না চোক্‌কৈ নামা পানজরে। অতৈ লৈহৌবনা কাপ্পদা নামা অল্লাংপা অহু পানবা ওমত্রহুনা খুৎ থাবা তারকলে। পাঞ্জল পোবা শোয়দ্রে। মুমিৎ চীওয়া থাংবনা খুৎথা অহুদা কাং তোকপম্নু মতারে। পেমচাগী মথল্লাই রাজরে। পাম্মোইবীবু চেৎনা থাগোল্ল, চোক্‌কৈ কাং খোমগে নিংলকল্লে। শ্রীযুত্তা হুজৎলিঃ থৌগৎপগা লোয়ননা শ্রীযুৎনা "খোম্মু"

হাথংবিরকই। ইচং থৌবী সুজানি—পাম্থোইবীগী শায়োন্নি নিংনৈ। মনাও ইবুংঙোদা কাং খোমজগে হঙ্গংলি, মনাও ইবুঙোনা খুমলকই, "ইচম্না খোমদনা কনানা খোমগদগে, খোম্মু-খোম্মু"। স্নাপুক্লিদদি সুপীনা কাং খোমগনি হায়রবসুনা নোকনিংবা পোকখি। ওমগনি হায়রবস্থ থাজরদে। য়াথং ফংলবদা পেমচানা মতাই মথংদা লেপলগা ওই থংবা মতাইগী চোককৈ কাংখিল তমহুনা শামু ময়ানা শাবা কাং হুল্লকই। নিংথিজনা পাল্লি। লঙনগে মতাগুম মনাও ইবুংঙোনা হায়রকই, "ইবেম্ম, কাংখুল ইহোং হোংদনা চোককৈ কাং খোম্বদি কনাগুম্বা নুপাত্তনা মহৌনৈ, ইচম্না খোমদোক্তনা চোককৈ খোম্বদি শোয়দনবা কাংখুল মপাদা চংহুনা কাপ্পুদা।" নোল্লকপা উংতুনা পেমচানা চিনবাল থক শাবু লেওখিদে। কাংখুল ইহোং-হোংদনা মাগী চোককৈ কাংখুলদা লেপতুনা লৈন-লৈনা; অনিমথং, লাংজৈ, অনিমথং, মতাই মথং পনঙাকফম কাং ইচং চংদনা পাল্লে। পুখি ময়াইদা ফুগাইনা শাংলিবী থম্বাল লৈকাদা থৌরানগী মংদনা চুবা নোংলিকনা পকপগুম থোংন নৌরবী মাইথোংদা হুমাং মরিক কারকই, সুংশানা ফুরবী, উথক্তা পানবা উইহেগুম পান্ন ফজরবী মাইথোংনা পুরুম হৈতুপকী পান্দম ওই, শাইনোল মরুমগী মিস্নানা অরোইবা মতাই' চোককৈ কাংখিন্দবু তমলকই। "ঐনা কাপ্প নত্তে, পাম্থোইবীনা কাপ্পনি।' কাংদা ফজব উবদা পাক্সিনৈনা অমতা ওইবা য়া লাওবা খোঞ্জেল্লা ভাবুক্লা হাল্লা লাওরকই—ফজরে, পাল্লে। পেমচানা কাংবু খোম্বদা শিঙেল লৈরাং অরৈবা লাম্দুনা থাগৎনরকই। শ্রীযুৎকী ইঙ্গিৎ উবদা তোলেন বঝাই খোংবনা অরোইবা খোঞ্জেন থাহুনা অহোয়-অহোয়ননা বঝাই ময়োল হাপথরে। মতাই লমথা কাপ্পনা

লমথা তনপান পান্নুনা পাঙল হুনবা হোরক্লে। কাং অমুক্তং থিংবা পাঙকা ৫ হুন্নগা পাঙল তরেং থোইগৎলে। কোরৌহনবা চংথরে—কাংলোই বঝাই থোংথরে।

কলি কুমশিং ৪৯৯৩ চৈথারোল চন্দ্রাব্দ ৪০৮ শকাব্দ ১৮১৪, খৃষ্টাব্দ ১৮৯২ শ্রীল শ্রীযুক্ত চুড়াচান্দ সিংহনা মণিপুরগী নিংথৌ ওইরে। মনা হাক্তকা লৈমরোল তরেংকা মনাথুং কাংথুংকা শীঙনহনা কাং শান্নবগী রারম কয়াস্থ শাংনা লৈথ্রে। কাংশান্ন অহুদি থঙবীহোবা উবীহোবা অহল-লমন কয়াস্থ লৈরি। কাংথুং অহুদা য়াওবীরবা ওয়াশিং হৌজিক ফাওবা লৈরি।

---

অনিশুবা পন্দুপ

## শান্নবগী পোংচং

**কাংখিল ঃ**—কাংখিল হায়রগা হন্দক্তি কাং কাপ্পদা পানকম ওইননবা পোং অমনু খণ্ডনরগনি। কাংখিল মখল আনি ওই। অমনা চোংকৈ কাপ্পদা খিল্লি অমনা লমথা কাপ্পদা খিল্লি।

**চোংকৈগী কাংখিল ঃ**—লিকলিগী বল, মারবল, কেক্রু মরু, তিনশৌবী মরু অসি মরু ওইনা চোংকৈ কাপ্পদা কাংখিল ওইবৈ। কাংখিল অসিনা লৈপাক্তা খিনবদা য়াম্না নানবা মরমনা শান্নবগী

কেক্রু মারবল চাগী কাংখিল।







নং ৫

শিজিন্নবদা মুংঙাইতবা ( defect ) খরা ফংই। হৌজিকী মতমদদি পকশি শিজিন্নরে। কাংখিলশিং অসিগী মচুঙ্গা চানা শাবা মমায় নাইদবা ইথি মখাই অমরোম হেন্না রাংবা ইথি অমগী শরুক অচুম থোকপগী অনিরোম পাকপা শরুক মরিগী অমা থাবা কাংখিল ওইনা শিজিন্নরে।

**লমথাগী কাংখিল ঃ**—লমথাগী কাংখিদি শান্নরিবা কাংব খিল্লি। কাপলকইবা কাংগী মায়কৈদা খিল্লিবা কাংগী শরুক্তা ওনশিল্লি। ময়ুংগী শরুক্তা লমথা কাংখুল্লা লেপহনবনি।

A অসি লমথা খিনকমনি B অসি কাংগী অথাবা শরুকনি C অসি কাপলকইবা কাংনা লাকপবা লম্বীনি। কাংগী মনিং চনবা




নং ৬

পিকথ্রবা মথুল কাংথুল মথক্তা হন্দোকলগা কাং য়ুংবনি। য়াত্রগা লৈপাক্তা লৈথোম খজিক্তং হাপতুনা মথুল শেম্বা য়াই।

কাং:—হৌজিক শান্নৱিবা কাং অসি মরু ওইনা মখল অনি ওই। অমনা উরী কাং কৌই অমনা ইয়োই মচিগী কাং কৌই।

**ওয়া কাং**:—চা, লশিং, মিশি, কিম্বা কোম্ভো মচেৎ য়েক্লম মওং মান্না য়াংপা অমঙ্গা নপতুনা শাবনি অমুবু মচুনি। লৈরোং ফজনা য়াংপা অকোইবা শরুমচেৎ অমস্থ নপ্পী। লৈরোং অসি নপ্পা মায়কৈনা কাংগী মমায়নি। কাংগী মথা অচু য়াম্না নাল্লি। অনানবা মথা অসিনা লৈমাইথক্তা চেনগনি। কাংগী ময়ুং মরাক অমদি অথাবা লৈ। চাওরাক্লা ময়ুংদা ইঞ্চি তরুক, মরাক্তা ইঞ্চি মরি, অমদি অথাবনা ইঞ্চি অমগী শরুক অহুম থোক্কপগী অমা ফাওবগী মনুংদা ওইগনি। অরুম্বনা আউন্স নিপান্দগী ওয়া কাওবগী মনুং ওইগনি। কাং অসি চানা শাত্রবস্থ চাগা মান্নবা, কাং অতৈদা অমাঙ অতা অতেক অকাই থোকলোইদবা লৈরবদি অতৈ পোৎনস্থ শাবা য়াই। কাং অসি শিজিন্নবনা চৎনবী ওইশিল্লক্লে।

**ঈরোই মচিনা শাবা কাং**:—কাং অসি ইঞ্চি তরাদগী তরানিথোই ফাওবা শাংই। মতোনগী শরুক্লা মকোক্কী শরুক্তগী হেন্না পাকই। মতোনগী শরুক্তগী মকোক্কী শরুক্লা থাবা হেল্লি। কাং অসি অয়াম্বনা শিজিন্নদে। লৈপাক্তা চেলহনবা তারবদি নেম্না শিৎতুনা ইনবগা লংবগা য়াম্নহনা লংই। মতোনগী শরুক্তা ইঞ্চি অহুমলোম, মকোক্কী শরুক্লা ইঞ্চি অম মথাইরোম পাকই। মতোনগী শরুক্লা পাই মকোক্কী শরুক্লা থাই।

**শামু ময়ানা শাবা কাং**:--শামু ময়ানা শাবা কাংসি— উকাংগী নাওংনি। কাং অসি কনাগুম্বীনা শিজিন্নে। লংহুনা ক্লাপই—খুৎনা অমথা কাপ্পা য়াদে।



খোইরু:--খোইরু মচেৎ অমা ফি মচেৎ অমদা য়োমশিনদুনা শিজিন্নৈ। মসিনা কাংদা তকলগা ফি মচেৎ অসিনা নাম্থোকলবদি কাং অদু য়ামনা নাল্লি। কাং অদু শিজিন্নবা য়ায়া সুংঙাই খোইরু ফি য়াওদনা কাং শাননবা য়ামনা সুংঙাইতে।

নং ৭

অতৈ অতৈ:—লমথা কাং ইনবদা খুদোং চাননবা, মপা চুম্লনবগীদমক শান্নফমদা ইঞ্চ তরানিথোই ফাওবা পাক্কা মায়রোক্লবা লমথা কাংখুল অনিগী মরক্তা খুংনা লৈমাইদা শিংতুনা কাংলম (লম্বী) অমা থম্বা য়াই। লমথা ইনবদা কাং অদু ইরায় লাম্লনা লৈমায়দা চেন্নবগীদমক অপোবা চগেম, মখল মখলগী পাওজয় কাংলম অদুদা চাইনৈ। চেংকৈ কাম্নদা পান্নবগীদমক কাং তাকম অমা উকুলনা নত্রগা পাওদরনা নত্রগা করিগুম্বা মচু অমনা লৈমাইদা

রেকপা হংপা য়াই। মহুদু স্যুট থাবা কৌই। স্যুট্টা কাং তারবদি কাং অহু পানগল্লি। স্যুট অসি চোকফৈগী নিশাননি ( Perfect aim )। খুজুগী কাং লংথোকখিবদা নত্রগা থাদোকখিবদা স্যুট্টা



নম্বর ৮ B A

অপনবা লৈতনা ভারুনবা অমদি খুত্তা নপুনবগীদমক উক্কুল নত্রগা পাওদর খরা তৈরগা কাং পায়নৈ। অহু ওইরবদি কাং থাদোকপদা অপনবা লৈতে। ( No. A দা কাং ইনবগী লম্বী No. B দা স্যুট থাবগী মওং ভাল্লি।

**শান্নফম :—** ফুট ৩০' দগী ৪২' ফাওবা শাংবা ফুট ১৬' দগী ১৮' ফাওবা পাকপা মাইকৈ মরি নাইবা, ( রেক্টেংগুলার ) লৈতেম মান্নবা লৈমাইদা কাং শান্নগনি। চাওহল্লিংবা শরুক অদু নাপ তৌরগা য়েকনি

**শান্নফম য়েকপা :—** শান্নফম অস্থুপ শাংহনগে অস্থুপ য়ান্না পাকহনগে নিংবা মতুং ইন্না নাপ তৌগনি। ময়ুংগা ময়ুংগা মরাক্তা মরাক্তা অরাও অখু মান্ননা লৈই চিংহুনা শমজিন্নগনি। অশাংবা লৈই অসি অপাকপা থৌরি মচা অমনা তিংলগা মথক্তা অরুম্বা পোৎ অমনা ফুরবদি ( Press ) ইরায় লান্নবা ফংই। লৈইশিং অহুনা শমজিন্নবদা থোকপা কাচিনশিং অদু সমকোণ ( Right Angle ) ওইগনি। কাচিনশিং অদু সমকোণ ওইননবগীদমক কাং-শান্নফম য়েকপদা কম্পাস চংই। কম্পাস ফংদ্রগা লং মতৎ অশাংবা নদ্রগা থৌরি মতৎ অশাংবা চংই।

লৈরিবা মফমগী মতা চাবা য়েংহুনা মরাক্তী ওমখৈ ওইবা য়াবা XY কৌবা লৈই অমা চিংলসি। XY মচিন নক্লা A ফাওবদা শান্নফমগী অপাকপা ককলসি। A বু সেণ্টর ( মন্নাঈ ) ওইহল্লগা লৌনিংবা অরাপ্পা ( ব্যাসার্দ্ধ ) লৌহুনা বৃত্ত মচেৎ অমা কোইবদা ( য়েকপদা ) XY বু MN দা ককলে। M বু অমুক N বু অমুক সেণ্টর ওইহল্লগা লৌনংবা অরাপ্পা ( ব্যাসার্দ্ধ ) চপ মান্ননা লৌহুনা বৃত্ত মচেৎ অনি য়েকপদা অহানবগী বৃত্ত মচেৎপু P অমস্থং Q দা ককলরে। P বু অমুক Q বু অমুক সেণ্টর ওইহন্দুনা অরাপ্পা মান্নবা ( ব্যাসার্দ্ধ ) লৌহুনা বৃত্ত মচেৎ অনি মফম অমদা ককনবা য়েকসি। বৃত্ত মচেৎ অনি অদু S দা ককরে। S গা A গা শমজিন্নসি। Sগী

মায়কৈরোমদা শাম্নকমগী ময়ুংগী অশাংবা ককপা য়ানবা শমজিন্নরিবা লৈই অসি C ফাওবা শাংদোকসি। হৌজিক A দা সমকোণ অমা কংলগনি। শাংদোকখ্রিবা লৈইদগী শাম্নকমগী ময়ুংগী শরুক অহু ককথংলাস। ময়ুংগী C অহুদগী মরাক্তী অরাপ্পনা ব্যাসার্দ্ধ লৌহনা বৃত্ত মচেং অমা শাম্নকম ওইগদৌরিনা মায়কৈ অদোমদা য়েকসি।




নং ১০

XY লৈইদগী মরাক্তী শরুক অহু ককথংলগা ককফম অহুদা সেণ্টর ওইহনা ময়ুংগী শরুকনা ব্যাসার্দ্ধ ওইনা শাম্নকম মায়কৈদা বৃত্ত মচেং অমা য়েক্লবাদ অহানবগী বৃত্ত মচেংকা অকোনবগী বৃত্ত মচেং অহুগা ককফম অমা ফংগনি। অহু ওইরবদি শাম্নকম অহু কংলে।

শান্নফমশী মরুগী শরুক অদু AC অমস্থুং BD হায়না মামং থোল্লসি। নং ৯ দা য়েংবায়ু। AC বু A'C' কাওবা BD বু B'D' কাওবা শাংদোকসি। শাংদোক্লিবা শরুক অসি চপ চাবা ফুট অমমমনি। A' গা B' গা শমজিন্নসি, C'D' শমজিন্নসি।



নং ১০

AB অমস্থুং CD লৈই অসিবু কাংথিল পরিং কোই। লৈই অসিদা চোকৈক অমস্থুং লমথাগী কাংথিল থিল্লি। A'B' অমস্থুং C'D' লৈই অসিবু কাং ফাভম লৈই নক্রগা লিরি কৌই। কাপ-লকইবা কাং পুম্নমক কাংখিন থিনবা কাংথুৎনা লিরি অসিগী মতুংদা (লাম্বোকথ্রগা) কাং ফাগনি। অদু নক্রবদি নিংঙাই থাংই।

কাংখিল পরিং AB অমসুং CD বু অকপী মতুং ইন্না নক্কগা অরাপ্পা অত্তুগা মান্নবা লং অমবু শরুক ৬ থোক্লা থুপলগা চপ মান্ননা ককপি। মতাই মাওনা থীরবদি করুফম তরেৎ ফংগনি করুফম অমমমবু লমথা কাংখুল কৌই। কাংখিল পরিং অনিগী করুফম অসি ময়ুংগী লিরিগা অরাও অথু চপ মান্নগনি—করুফম খুদিংমক চপ মান্ননা মান্নয়োক্লগনি। করুফমশিং অসি লমথা কাংখুন্নি হায়বা হেক য়েংবদা উননবা ( খড়ননবা ) লৈই মতেক্লা কাং কাভম লিরি য়ৌনা শান্নফমগী মহুংদা ইকি তরুক কাখৎনা কাংখিল পরিংদা ককলিবা মফম অতু কাওনা চিংগনি। মরাক অনিদা লৈরিবা লৈই মতেক মায়য়োক্লবশিং অতু লৈই অচুম্বা অমগী মথক্তা তাহনবগুম চুম্না চিংগনি। মতাইগী লমথা কাংখুন্দি ময়ুংগী লিরিদগী ইঞ্চি অনি হুঞ্জিল্লগা মরক্কী লিরি মতেক অত্তুগুম্না চিংগনি।

কাংখিল পারিংবু পনথৈ অমমম কৌই। পনথৈ অমমমদা কাংখুৎ অমমম লৈহনা শান্নবনি। পনথৈ অমদা লমথা কাংখুল তরেৎ লৈগনি। কাংখুল অমগা মী অমগা পান্নবনা কাংখুৎ অমদা মী তরেৎনা শাই। কাংখুল খুদিংমক মামং থোক্লি। কাংখুল অতুগী মমিং অতু কাংখুল অহুদা ফমলিবা মীদা মমিং থোক্লি।

নম্বর ৯ দা পিরিবা 1′--2′-3′-4-3-2--1 অসি খুদম ওইনা য়েংশি। কাংখুল তরেৎকি ময়াই থংববু লাংজৈ ( -4 ) কৌই। মতাইদগী মমিং থোনবদা নক্কগা মশিং থিরকপদা লাংজৈদা থম্মী। মাইকৈ অনিমক্কী চপ মান্নবা মমিংনি। ওইরোমদগী থীরকপদা অহানবা কাংখুলবু ( 1′- ) মতাই খুৎশি, অনিশুববু ( -2′ ) মতাই মথং লমথা তানবা, অহুমশুববু ( -3′ ) চোকফৈ তানবা ওই কৌই।

য়েৎলোমদগী থীরকপদা অহানবা লমথা কাংখুনবু ( -1 ) মতাই অচৌবা, অনিশুববু ( 2- ) মতাই মথং নক্রগা পনগুাকফম, অহুমশুববু ( 3- ) য়েৎশংবা চোকফৈ তানবা নক্রগা অনিমথং কৌই। নম্বর (-4-) মরিশুবা অসিদা নাকল অনিমক্তগী থীরকপদা লাংজৈ কৌই।

নম্বর ৯ দা পিরিবা লমথা কাংখুন্দা থারিবা 1'--2'-3'-4-3-2--1 অমুক্তা য়েংশি। মতাই খুৎশিগী ( 1'* ) য়েত্তা, মতাই অচৌবগী ওইদা ( *1 ) ; লমথা তানবগী শুইদা ( মতাই খুৎশিগী মথং *2' ), পনগুাকফম মতাই মথংগী য়েত্তা ( 2* ) ; অনিশুবা অনিমথং চ্যেকফৈ তানফমগী ওইদা ( *3' ), অহানবা অনিমথং চ্যেকফৈ তানফম য়েত্তা ( 3* ) অমস্তং লাংজৈগী ওই-য়েত্তা ( *4* ) ইফি ত্তরাদগী অরানিথোক্ত ফাওবগী মমুংদা অকরুবা অরাপ্পা অমা লৌরগা পনখৈ অনিমক্তী কাংখিল পরিংদা চপ মান্নমা মমিংতা ওইনা ককলসি। হন্দক ককলিবা অসি চ্যেকফৈ কাপ্পগী কাংখিল মরু খিনফমনি। পনখৈ অনিগী চ্যেকফৈ কাংখিন খিনফম অসি অমগা অমগা মান্ন-য়োকনৈ। কাংখিল পরিং অমদা চ্যেকফৈ কাংখুল নিপাল ( ৮ ) লৈগনি। নং ৯ দা লমথা কাংখুল মনাক্তা লৈরিবা থোঙ্বাম্মিচাক য়েকপা—খুদমশিং অসি চ্যেকফৈ কাংখুলনি। মনাক্তা লৈবা লমথা কাংখুলগী মমিং অহু চ্যেকফৈ কাংখুন অহুদম্ন কৌগনি। লমথা কাংখুল পান্নরিবা মা অহুগী কাপফমনি।

# পাঞ্জল থাফম

## ( SCORE SHEET )

শান্নবগী পাঞ্জল থাননবা ব্রেক বোর্ড নত্রগা বোর্ড অমা নম্বরগা লোয়নননা পাঞ্জল থাননবা মী, ইনননবা চোক চংই। কাংখুৎ অহুনা কাপলিবা চোকফৈ মশিং ইগনি। চোকফৈ অপানবা মশিং অনিদনি। পাল্লগা O, অমা পাল্লগা i, অনিশুরগা ii চোকফৈগী মপাদা ইগনি। মী তরেৎ ( কাংখুৎ ) অহুনা চোকফৈ অনি পান্ননবা কাপ্পনি। চোকফৈ অনি শুরগা লমথা কাপকনি। পাঞ্জল কারগা, কারকপা পাঞ্জল মশিং অহু নম্বর 1 দগী হৌহুনা সেরিয়েল নাইনা হোং হোংহুনা ইগনি। লমথা কাপ্পদা, মরক চংবদা কাং শিবা হায়বা অমা লৈরি। কাং শিবগী অর্থাদ পাঞ্জল কাত্রিবা ফাওবা লমথা কাংখুল অসিমখৈ কাপ্প য়াদে হায়না খঙনবা থরা লৈ। য়াদবশিং অহু কাং কাপলিবা পনখৈদগী মাগী মাগী কাংখুৎকি মতাই মতাইদগী থীগনি। মতম অসিদদি কাংখুল তরেৎ লৈবনা সেরিয়েল 1. 2, 3, 4, 5, 6, নাকল অনিমক্তগী থিবা য়াই—থীবা হৌবাদ অশিবা মতাইদগী হৌনা থীগনি। মসিনা নাকল অমদগী শিরকপনি। নাকল অনিমক্তা শিথরকপা ওইরবদি, ওই য়েৎ অনিমকতগী থীগনি। অশিবা কাংখুলশিং অহু পাঞ্জল থাফমদা ইগনি। ওইদা লৈবা মশিং ওইদা, য়েত্তা লৈবা মশিং য়েত্তা পাঞ্জল থাবনা ইগনি। পাঞ্জল কাথবদা পাঞ্জল মশিং নত্তবা অতৈদি মুথৎহুনা অমুক নৌনা ইগনি। কাং পানবা পান্দবগী মতুং ইন্না ইগনি।

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| | **SCORE BOARD** | CHKFEI | SCORES | KANGSI কাংশি | |
| | Name of the Teams | চেÿকফৈ | পাঙ্গল | Left | Right |
| 1 | - - - - - - - - | | | | |
| 2 | - - - - - - - - - | | | | |
| | SCORER | | | | |

নং ১২

**জষ্টিস/অম্পাইয়ার ঃ**—কাং শান্নবগী মন্নম নিংথিনা খঙবা অম্পাইয়ার অমা লৈগনি। চেকফৈ পানবা, পাঞ্জল কাবা, কাংশি লৈবা কাংখুল মশিং পাঞ্জল থাবদা তাকনি। শান্নবগী অচুম অরান ন্নায়েনগনি।

খুদোংথীবা তারক্লা কনাগুম্বা শান্নবা য়াওরিবা মী অমা শান্নগদবা মতম ভংথাইগী মমাংদগী তোকপা তারবদি অম্পাইয়ারনা তোকখিবা মী অতুগী মহুৎ অমতং ফাওবদি শিলহনবা য়াই।

অরানবা কাংকাপ অম্পাইয়ারনা অমুক কাপহনবা ঙম্মী, তোক-হনবসু ঙমই। মরাল লৈবা মীবু হান্নমা তাকপিরগা মমৈথংদা শান্নবা তোকহনবা ঙম্মী।

কাং পানবা পান্দবা, পাঞ্জল কাবা কাদবা মহাক্না লেপকান।

শান্নবা হৌননবগীদমক অম্পাইয়ারনা খেল য়েংগনি। খেল চুম্বা কাংখুৎনা কাং হান্না হৌগে য়াই নত্রগা পনখৈ অনিগী মন্নুংদা খুদোংচাবা পনখৈ ( Position ) থনবা য়াই। কাং হৌবা অমাদ পনখৈ থনবা অনি পুন্না থনবদি য়াদে।

**টাইম কিপর ঃ**—কাং অমুক কাপ্লনবগীদমক মী অমদা সেকেণ্ড কুনগী মতম পি। সেকেণ্ড ২০ অতুগী মন্নুংদা কাপকদবা মীনা কাপ্লগী থৌরাং খিনগদবা মীনা খিনবগী থৌরাং তৌগনি। মতম অতু হেন-থবদি খুৎকাপ অতু মাঙলে। অখিনবা মীনা চেকশিন্দ্রবদি কাপ-কদবা মীদি অতুম মাগী কাপফম থোকপা অতু কাপকনি। কাপ-লকইবা কাংগী ফিভম—পানবা য়াবা য়াদবা য়েংতুনা অম্পাইয়ারনা লেপকান। পানবা য়াবা কাং ওইরবদি পাল্লি হায়না লৌগনি।

মতিক চাবা স্টোপ ৱাচ ( Stop watch ) টাইম কিপরনা শাগনি।

**বোর্ড ওফ জষ্টিস** :—কাংখৎনা অম্পাইয়ারশী মথক্তল ৱাকৎপা ভাৰনবা বোর্ড ওফ জষ্টিস লৈগনি। ৱাকৎপা মতমদা বোর্ড অহুনা হায়না লেপ্পবা মতুং ইন্না ৱাকৎ শেলাশিং চংই। ৱাকৎপা অহুনা চুমলগা রাকৎ শেল হল্লি চুমক্রগা ৱাকৎশেল মাঙই। ৱাকৎশেলদি য়ামক্রবদা লুপা ১০ য়ামলবদা লুপা ২০ দগী হেন্দে। শান্নবা মতুং পুং অমগী মন্থংদা বোর্ড অহুগী সেক্রেটারীদা ৱাকৎকদবনি।

**সেক্রেটারি** :—কাংখুৎ খুদিংমক্কী সেক্রেটারী অমমম লৈগনি। শান্নবগী হিরম খুদিংমক সেক্রেটারীগা য়ানগনি। কাংখুৎকী দায়ী পূন্নমক সেক্রেটারীনা পুগনি।

**ঘড়ী** :—শান্নবা হৌবদগী লোইৰা ফাওবদা খ্বাই পূন্নমক্তা উবা ঘড়ী অমা থমগনি। ঘড়ী অহুনা শান্নবগী মতম লেপকনি। ঘড়ী অহুগা অম্পাইয়ার অমদি শান্নরিবশিংগী ঘড়ীগা চানহনগনি। ঘড়ী অহুনা শোয়রকপা মতমদা ময়ামগী চানবা মতম অহু লৌগনি।

**ইউনিফোর্ম** :—শান্নবা মশেন য়েৎনহুনা শান্নবা মশান্ন নত্তে। অহুনা ইউনিফোর্ম তৌদবা য়াই ; অহুমদি ওইরগা ফৈজোম শেৎহুনা কাং শান্নগনি। অহুম ওইনমক লম লমগী মতুং ইন্না মাগী মাগী হৈনবা ফিজেৎ শেৎপা য়াই।

**য়েংবিগদৰা** :—শান্নবগী পোৎচংশিং অসি ইচম চন্না শান্নবা মতমদদি কাংখুৎশিংনা য়ানবগী মতুং ইন্না য়ান্না য়াংহনবা য়াই।

**শান্নবগী মতম ( Duration ) :—**শান্নবগী মতম লেপতে। মতম শাংলগা হুংতাইবা মশাগনি। য়ামনবরবদা পুং অনি চৎনা শান্নে। পুং মরি মতা চুপা শান্নরগতদা সপুং কাই। অচুনা শান্নগদবগী মতম অহু কাংথুংনা লেপনৈ। বোর্ড অমনা শিন্দুনা শান্নবা কাংদি বোর্ডনা মতম লেপ্পী।

---

## অহুমশুবা পন্দুপ

## শান্নবা

কাংখুং অমদা মী তরেৎনা শাই। মী তরেৎ শুদনা শান্নবা য়াই। শান্নবা মতমদদি মপুং ফাবা কাংখুংকি পোজিসন অহু লৌহুনা শান্নগনি অহুম্নদি ওইরগা অন্নাংপা মীগী মহুৎ লোমহুনা (Double role) কাপ্পা য়াদে।

পনখৈ অনিমক চপ মান্ননা শান্নদে। পনখৈ অমনা শান্নবা মতমদা পনখৈ অমনা কাংথিল থিল্লি। শান্নরিবা পনখৈ অহুনা পাঞ্জল কারিবা অহুপকী মখৈ শান্নরিবা পনখৈ অহুনা হন্না হন্না চ্যেকথৈ লমথা কাপ্পী। পাঞ্জল কাবা শুমত্রবদি কাং থিল্লম্বা পনখৈ অহুনা অমুক কাপ্পী। অস্নুম্না হঙ্গং হন্দা অকক্কবা কাং শান্নবা লোইহাত্রবগী মতমগী মন্নুংদা কাংখুং অনিনা পাঞ্জল য়াম্না কাবা তাম্নে। পনখৈ অমনা শান্নরিঙৈ মতমবু খুৎকাপ অমা কৌই।

শান্নরিঙৈগী মতমদা কাংখুং অমগী মী খুদিংমক্না চ্যেকখৈ অমা লমথা অমা পাঞ্জল অমগী মন্নুংদা কাপ্প য়াই। অমুক কাপ্পদা পান্নবস্থু পাত্রবস্থ পাঞ্জল অমগী মন্নুংদা মী অমনা লমথা চ্যেকখৈ অনিরক হন্না ক্যাপ্পা য়াদে। কাংখুং অমা চংহুনা পাঞ্জল কাননবা হোৎনবনি। চ্যেকখৈ পান্দহুনা নক্রগা লমথা পান্দহুনা নক্রগা মরক চংবদা কাং শিহুনা নক্রগা মতাই শিহুনা পাঞ্জল কাবা শুমহোৎহুনা খুৎ থানবদি অমুক হুক্কপদা অহানবা খুৎকাপ্পা থাখিবা শরুক অহুন্দা শমথহুনা কাং শান্নগনি। লমথা কাপ্পদা কাংখি ওইহুনা খুৎকাপ

লানপ্পবদি অমুক হুল্লকপদা কাংশি ওইবা লমথা কাংখুলশিং অহুগী মীশিং অহুদি পাঙ্গল কাপ্লিবা কাওবা থংনবা লমথা কাংখুন্দা চংহুনা কাপকনি। খুংকাপ লাপ্তিখৈদা ওইরবসু মরক চংবদা লমথা কাংখুল ননখিবা লমথা কাপহৌদবাশং অহু থংনবা কাপ্পা য়াবা লমথা কাংখুন্দা চংহুনা লমথা কাপকনি।

চোকখৈ হান্না কাপতুনা কাং হৌগনি। চোকখৈ অনি শুরগা লমথা কাপকনি। মরম চুম্না লমথা কাং পাল্লবদি পাঙ্গল কাগনি। পাঙ্গল কাবা খুদিংগী চোকখৈনা কাং হোগনি।

কাংখুল তরেৎ অসিগী মমুংদা কাপনিংবা কাংখুন্না চোকখৈ লমথা হান্না কাপ্পা য়াই।

পাঙ্গল কাবদা খুদোং চাননবগী দমক করম্বা কাংখুন্না হান্না কাপলগা কাংখুৎকী ওইজগদগে খন্দুন্না অকোন অহান নাইনা কাপ্পসু য়াই। শান্নরিবা কাংখুত্তা অপনবা য়াওদ্রবদি কাংচৎ চুমননবা কাপ-নিংবা মওংদা চোকখৈ কাপ্প য়াই।

উরী কাং—**চোকখৈ কাপ্পা:**—পনখৈ অমদগী অতোপ্পা পনখৈ অমা য়োননবা কাং হুন্দুনা লৈপাক্কী লৈমাইদা শান্নফম মমুংদা চেল-হুনবনি। লেপলগা হুনগনি। শান্নফমগী মমুংদা কাং অহুগী মখানা লৈপাক্তা তাহনগনি। মথক মখা ওন্নবা হাদে—কাংগী মমাইনা মথক থংগনি। মসিবু চোকখৈ কাপ্পা কৌই। কাপকদৌরিবা মী অহুগী মপান্দা অতোপ্পা পনখৈ অমদা কাংখিল খিল্লি। খিল্লিবা কাংখিল অহুদা নান্না চেলহল্লগা পাললহনগদবনি। খুৎনা কাং পায়রগা অহানবদা খিল্লিবা কাংখিন্দা চাউগনি (aim) অনিশুরকপদা খুৎ অহু চিংথরগা কাং অহু লংগনি। চোকখৈ কাং টীওবা, কাপকদবগী থৌরাং





চোকফৈ কাপ্পগী মওং ( ফিভম )　　　নং ১৩

অমদি কাং হুনখ্রবগী ফিভম, ফিরেপ অসি য়েংবীন্নু। কাং পায়দবা খুৎ নামনা করাংদা থমগনি। কাং হুনবীবা মতমদা—থরো ওন্দনবা চুন্না চেনখিনবা রাখল তৌগদবনি। চাং নাইনা কাং হুনগনি। চাং শাইনা কাং হুন্ননবগীদমক তাহনগে নিংবা মক্ষমদা স্কুট থাগনি।

# কাইদোই কাংগী চ্যেকফৈ

কাইদোই কাংদি হুন্দুনা কাপ্পা য়াদে। য়াম্না নেম্না লৈপাক্কী লৈমাইদা শিংত্নুনা চেলহল্লি। ফিরেপ্তি উরী কাং কাপ্পগা চপ মান্নে।

**লমথা ইনবা** ঃ—ফমনিংবা মওংদা ফমগনি। কাপকদৌরিবা কাং অত্নু মাংদা লৈমাইদা থমগনি। থমলিবা কাং অত্নু পনখৈ অতোপ্পা অমদা খিল্লিবা কাং অত্নুদা পাল্লুনবা নিশান থাগনি (aim) লৈপাক্লা লৈরিবা কাং অত্নুগী মনিংদা খুৎ-চা অকনবা অমা লোংনা থেক্লগা—থেকলিবা খুৎচা অত্নুবু খুৎচা অমনা মপাঙ্গল পিননবগী কাত্নুনা মতা চাবা য়েংত্নুনা থেকলিবা খুৎচা অত্নু কাপথোকাখবনি। থেকলিবা খুৎ অত্নুনা ইনবগী শক্তকনে কাপ্পগী শক্তকনে অনি পুন্না কাং অত্নুদা ক্ষুরগা—কাং অত্নু লৈই চুম্না চেলহনবনি। কাং ইনবগী মওং মখাদা ভাক্লি।

**কাং তোম্বান শান্নবা** ঃ—মী অনিতনা শান্নবনি। চ্যেকফৈ অমতং পাল্লগা লমথা অমতং পান্নবা কাপ্পনি। কাংখুল অমতদা শান্নবনি। কাংখিল মরুনা চ্যেকফৈ লমথা অনিমক্কী কাংখিল ওই। লমথা অমতং পাল্লগা পাঙ্গল ওই। অকক্লবা পাঙ্গল মশিং থরা কাবা হানবা তান্নবনি।

কাং নন্মান শান্নবা :—মী অনিতনা শান্নবনি। অককনবা মশিং থম্না চোকখৈ ওাক্তা ওইরক্ত লমথনা তাক্তনা ওইরকপ্ত পানবা হানবা তান্নবনি। মশিং অদু ওইরগা অকোনবা পানবা মখম অদুদগী অকক্নবা মশিং থম্না অরেম্বা লৈতনা নম্না নম্না পানবা (continuously) তান্নবনি। নম্না নম্না অকক্নবা মশিং অদু পানবা ঙমদ্রবদি পাজদ কানবা কৌদে।

মশান্ন অসি কাংথুং (Team work) লৈতবা মতমদা মী অমা অনিনা, শীঙনহুনা নত্রগা হুংঙাইহনা শান্নবনি। মী অনিতনা হুংঙাইনবা শান্নবনি। কাংথুং শান্নবগী নিয়মশিং অদু মশান্ন অসিদা চংদে।

---

মরিগুবা শন্দুপ

# কাংলোন

১। (ক) শান্নফম মওং চুন্না য়েকনি।

(খ) শান্নবদা চংগদবা মতম ইচম চন্না শান্নবা কাং ওইরবদি শান্নগদবা কাংথুংনবা লেপকনি। কন্নিগুম্বা বোর্ড অমনা শিন্দুনা শান্নবা কাং ওইরবদি মতম অদু বোর্ডনা লেপকনি। শান্নবগী পোৎচং গুনা চংগনি। শান্নগদবা মীনা মশা মশাগী কাং পুরককনি।

(গ) অতোপ্পা মী অমগী কাং অতোপ্পা অমনা কাপ্পবা য়াদে। ইচম চন্না মুংঙাইহনা শান্নবা কাংদদি শান্নবা মশেন য়ানগনি। অদু নত্রবদি অম্পাইয়ারদা হায়নবা থওহনগনি।

(ঘ) লমথা কাপ্পা কাংনা চোক্কৈ কাপকনি। লমথা কাং চোক্কৈ কাং থায়দোক্লোই। মুপী থুং শান্নবা মতমদদি মুপীনা লমথা ইনবদা হৈনবা কাং অমনা লমথা কাপ্প অতোপ্পা কাং অমনা চোক্কৈ কাপ্প য়াই।

(ঙ) শান্নবা মশেন য়ানখ্রবা অমদি বোর্ডনা শেমহনা থনমলবা শান্নফম কনাগুম্বনা অমুক হন্না শেম্বা য়াদে। শেমদবা য়াদবা মতাং লাকলবদি অম্পাইয়ারদা তাকনি। অম্পাইয়ারনা শেমগনি। ইচম চমনা শান্নবগী শান্নফমদি কাংথুং মশেন য়ানবা মতুং ইন্না চত্থগনি।

(চ) শান্নবদা চংগদবা মতমগী তংথাইদা পন ওন্নগনি ( side change )। পন ওন্নবগী মতমদা মিনিট মঙা কান্নবা মতম থমগনি। মতম অদু অকোনবগী মতম তংথাইদা হাপকনি।

(ছ) লমথা কাংখূল শিংপা, চোকক্কে কাং ভাকমদা সুট থাবা কাং হৌড্রিভৈগী মমাংদা অমদি মতম তংখাইগী মিনিট মঙাগী মমুংদা তৌগনি। মরম নৈতনা শান্নকমদা চংবা য়াদে। অতোপ্পা কাংখুৎনা কাং কাপলিভৈদা অতোপ্পা কাংখুৎকী মীনা শান্নফমদা অপনবা পীবা য়াদে।

(জ) কাংখুৎ অমনা কাং কাপলিভৈদা অতোপ্পা কাংখুৎ অমনা কাং তম্বা ( প্রাক্তিস ) য়াদে।

(ঝ) কাং শান্নবা হৌড্রিভৈদা শান্নফমদা কাং তম্বা, কাপ্পা, ( প্রাক্তিস ) অমতা য়াদে।

(ঞ) কাং শান্নরিভৈগী মমুংদা থোগৎপা থৌথবা ব্রাহৈনা মায়োক্লবা কাংখুত্তা ইকাইবা পিবা য়াদে। শান্নবগী মগুণ ঙাকনা শান্নগনি।

(ত) কাংলোনগী মমুংদা শান্নবগী পোৎচংগী শক্তি পূন্নমক চংগনি। শান্নবগী কাংকাপ পন্দুপ অহুমগুবদা উৎলি।

(থ) শান্নবা হৌগ্রবা তুংদা খুদোং চাদবা মরম অমদগী শান্নবা লেপশবদি—লেপখিবা মতম অহু শান্নবগী মতমদা হাপচিন্দুনা শান্নবগী মতম শুহনগনি।

(দ) পাঞ্জল মপুং ফাবনা পাঞ্জল থোইবা শকনি। চোকক্কে হেনবা, লমথা হেনবা, কাংশি হেনবনা পাঞ্জল থোইবা কৌদে।

(ধ) শান্নবা লোইগদবা মতম খরা লৈরিভৈদা কাংখুৎ অমনা তোকলগে শান্নরোই হায়বা য়াই। তোকখিবা কাংখুৎ অহুনা মায়থিবে হায়না লৌগনি।

(ন) পাঙল মপু কাপ্রিক্তৈদা কমকম ওন্নবা ( position change ) য়াদে। কমকম ওন্নবা মতমদা অম্পাইয়ারদা খঙহনগনি।

(প) কাবো লৈনা লৈনা ( opposite player of her/ his position ) অতোপ্পা অমনা কাংখিল খিনবা য়াদে। কাংখুল হোংবা থৈবা য়াদে।

২। কাং হৌবা অমসুং কাংখিন্দা পানবা-পান্দবা :—

(ক) চোকফৈনা কাং হৌগনি। চোকফৈ অনি পাল্লগা লমথা কাপকনি।

(খ) মমায নাইবা চাগী কাংখিল্লা চোকফৈ কাংথুন্দা থমগনি। লৈমাইদগী তোঙনা থম্বা কুৎনা থম্বা নাকন অমদা পৈথহনবা য়াদে। কাপলকইবা কাংনা কাংখিন মরু অসি ইনথুগদবনি। মরু তুপ্রিবা মথৈ চোকফৈ পান্দবা শকই। চানা শাবা কাংখিল অসি ফংদ্রবদি তিনশিবী মরু, কেক্রু মরু, লিকলিগী মারবলনা কাংখিল খিনবা য়াই। মরুশিং অসিনা কাংখিল ওইরবদি খিনফমদগী চোংথোকত্রিবা মথৈ চোকফৈ পান্দবা শকই। মমাই নাইবা কাংখিন্দি কাপলকইবা কাংদা মমাই ওনশিনগনি। য়াম্না চম্না থমগনি, লৈপাক্তা নমশিনবা য়াদে।

(গ) কাংখিন খিনফম লৈমাই অত্থু কুৎলবদি লৈখোম হাপ্পুনা লৈমাইগা মান্নহনগনি।

(ঘ) কাপলকইবা চোকফৈ কাং অত্থু মথক মখা ওন্ননা চোকফৈ কাংখিন্দা পানবা য়াদে। কাংবান চুমত্রবদি কাং অত্থু উপনা তাত্রা লোংনা তাত্রা য়েংগনি। মথক মখা ওন্ননা ফংলবদি চোকফৈ অত্থু পাল্লবসু পান্দবা শকই। চিংনবা মতাংদা কাপলকইবা কাং অত্থু

অথিনবনা কাং কাঙম লিরিগী ভূজা চারিবমথৈ লোঙহন্দনা কাগনি। থরো ওন্দুনা লাকপা কাং, কাং কাঙম লিরি লাম্থোকত্রিবৈদা কাবা য়াদে। থরো ওনবা কা না কাংথিন্দা পাল্লবাদি লিরি ( কাং কাঙম ) মতুংদা মথক মথা ওন্নবা ওন্নদনা য়েংলগা চোককৈ অতু পানবা পান্দবা থঙনগনি।

(ঙ) থিল্লিবা চোকৈক কাংথিন অতু মতা থোক্লনা কাং কাপ-লকহৈবা অতুনা য়ৌত্রিবৈদা তুথ্রবা নত্ত্রগা করিঙুম্বা অমা তৌতুনা কাংথুন্দা মরু লৈত্রবা অতু ওইরবদি—কাং অতু চোককৈ কাংথুন্দা চৎপ্রা চত্তত্রা য়েংগনি। কাংথুন শমতুনা ( cross ) চৎথবদি চোককৈ পানবা শক্কনি। চিংনবা মতাংদা অমুক হন্না কাপহনবা অম্পাইয়ারগী শক্তি লৈ।

(চ) অমমমতা ওইনা চোককৈ কাপকনি। অমগী নাথৈ শোংত্রিবৈদা অমনা কাপশিনবা য়াদে। মাল্লখিবা থুংকাপকী অপানবা কাং পান্দবা শীঙদা চনগনি। কাপখিবা কাং হুনগৎলগা নাথৈ শোংলে। কাং হুনগৎলকপদগী মতম য়েংবা হৌগনি।

(ছ) চোককৈ কাং কাপ্পদা লাও-খোংবা য়াদে। লাওরুবা মীগী থুংকাপ অতুগী কাংবান অতু মাওগনি।

(জ) চোককৈ নামা পানবা মীনা মাগী কাংথুং অতব্ লমথা কাপহল্লিংতুনা চোকৈ খোম্বা য়াই। অতুম ওইনমক কাংথুংকি য়ানবা মতুং ইন্না অমদি বোর্ড অতুগী য়ারেপ মতুং ইন্না চৎথগনি।

**কাং খোম্বা :**— মশাগী চোককৈ অতু থারগা মাগী কাংথুংকি চোকৈ পুন্নমক নম্না নম্না পানগদবনি। চোকৈ তয়েং পানগদবনি। চোকৈ তয়েং অসি পান্নবা কাপ্পদা থুংকাপ অমা হেন্না চংহজি

হায়বদি তরেৎলক কাণকদবা অহু নিপাল্লক কাপ্পা য়াই অসিনি। ওমজ্রগা খুৎকাপ অহুগী চোকচৈ পূন্নমক মাঙই। ওমলগা মাগী কাংখুৎনা লমথা কাপ্পী। কাংখুৎ অহুনা চোকচৈ কাপ্প লোইরবা মতমদা কনাগুম্বা চোকচৈ নাম্না পানখিবা অহুনা লাইবক চাং তমহুনা কাপ্পা চোকচৈনি। অহুবু কাং খোম্বা কৌই। চোকচৈ নাম্না পাল্লি হায়হুনভ মাগী কাংখুৎকি খুৎকাপ লোইজ্রিঙৈদা কাং খোম্বা য়াদে। মরমদি কাং খোম্বা হায়বসি লাইবক চাং য়েংবগা লোয়ননা মতম হাৎপনি।

**৩। লমথাগী কাংখিন:—** (ক) লমথা কাপলকইবা কাংনা যৌরকত্রিঙৈদা খিল্লিবা কাং অহু তুরবদি—খিনফম কাংখুল অহুদা তুরবা কাং অহু য়ুংখৎকনি। খুৎনা পায়গনি। কাপলকইবা কাংনা অখিনবা কাং অহু ইনথুদ্রিবমখৈ অমদি খুৎনা পায়হুনা খিল্লিবা কাং অহুদা থেংই হায়বা প্রমাণ ফংদ্রিবা মখৈ লমথা কাং অহু পান্দবা শকই।

(খ) কাপলকইবা কাং অহু য়ৌরক্লবা মতমদা কাংখুন্দা কাং খিনবা ওমদ্রবা অমদি তুরবা কাংখিল অহু য়ুংখৎপা ওমদ্রবদি কাংখুল নন্দুনা কাং চৎখিদ্রবা-চৎখিদ্রবা য়েংনগনি। ননখ্রবদি কাং পানবা শকনি।

(গ) কাপলকইবা কাংনা পানবা য়ানা লাকপদা মতা চানা খিল্লিবা কাং তুরকতুনা কাং অনি অহু থেংনরবদি কাং পানবা শকই।

(ঘ) পাল্লোইদবা কাং ওইরবদি কাংখিল তুরবহু কাং পানবা কৌদে।

(ঙ) কাংখিলগা কাপলকইবা কাংগা শূমনজনা লৈরবদি কাপলকইব কাং অচু হান্না ইদ্বোকনি। ইদ্বোকখ্রবা তুংদা কাংখিল অচু থুদক অচুদা তুরবদি কাং পাল্লে, তুত্রবদি পাল্লে।

(চ) কাপলকইবা লমথা কাংনা খিল্লিবা কাংদা ঙারমলগা নত্রগা থেংলমলগা কাং ফাভম লিরি লাদ্বোকখ্রবা অচু ফাওবা কাং তুরকত্রবা অচুগা লিরি মতুংদা কাং অচু ফাখিবা মতম ফাওবদা কাং অচু তুরকপগী কাইদা উত্রবদি কাং পান্দবা শক্রে। কাং ফাখ্রবা তুংদা তুরকপা কাংদি পান্দবা শকই।

(ছ) খিল্লিবা কাং ইনথুবা য়াদে। থুং নামনা শংকদবনি।

(জ) লৈবাক্তা কাং য়ুংশিনবা ( stick ) লৈমাইদা লৈপাক থোনগংতুনা লৈমাইদগী য়াংনা কাং খিনবা য়াদে। নিয়মশিং অসি অম্প্যাইয়ারনা চোকশিন্না য়েংবীগনি।

৪। লমথা কাপ্পা— (ক) কাংখিল পরিংদা ককলিবা লৈই তরেং অচু লমথা কাংথুল ঙাক্তনি। পনথৈ অনিমক্তা চপ মান্ননা অমগা অমগা মায়য়োকনৈ। মায়য়োক্নবা কাংথুল অনি অচু ফাওনা চিংবা লৈই অমা লৈ হায়না নিংনগনি। লৈই অচু শোকনা কাং লৈপাক্তা থাগনি। হায়বদি পনথৈ অমরোমদা খিল্লিবা কাং অচুগী মপা চানা কাং থারগা লমথা ইনগনি।

(খ) অমমমতা লমথা কাপকনি। কাপখিবা কাং হুনগংলকত্রিভৈদা অতোপ্পনা কাপলুবা থোকলবদি মতম মান্নবা লমথা কোগনি। মতম মান্নবা লমথা হুনবা মথৈদি পান্দবা শক্কনি।

(গ) কাংথুল তরেংকী মনুংদা কাপনিংবা লমথা অমা হান্না

কাপ্পা য়াই। মরম অসিনা কাপকদবা মীশী কাইদা য়েংহুনা কাং খিনবনা অকক্লবা মতমগী মন্নুংদা কাং খিনগানি।

৫। লমথা ইনবগী ফমফম :—মতাই ফম্বা মীনা খোংগ্রাই চন্দুনা নত্রগা কৈতুগী ফমফমদা ফমতনা লমথা কাং ইনগনি। কাংশিগী মতনদা মরকতা চংহনা লমথা ইনবা মতমদসু মতাইদা ফম্বা মী ওইরবদি মাগী ফমফম তোকলোই। অতৈ মরক্তী মীদি ফমনিংবা মওংদা ফমহনা লমথা ইনবা য়াই। ফমফম হোংবা মতমদস্ত মতাইদা ফমগদবা মীদি মতাই ফমফম ফমগনি।

য়েংবীগদবা :—কাং কাপ্পা কাংবুনা কাংখিল পরিং খোঙনা অমদি থুকউনা শোকপা য়াদে। কাংখিল পারংগী রাংমদগী কাং কাপকনি। কাং ফাবা মীনা কাং ফাভম লিরিগী রাংমদা কাং ফাগনি। কাং ফাভম লান্দ্রিঙেদা কাপলকইবা কাং ফাক্লরবদি অমদি শোকউ-রবদি নিংভাই থাংই। নিয়ম অসি কায়না চৎলবদি অকায়বা কাংথুংকি থুদোং চাবা মাঙই অহুগী মথক্তা অম্পাইয়ারগী অপাম্বা মতুং ইন্না চথখিগনি।

৬। পাঞ্জল :—চ্যেকফৈ অনি পাল্লগা লমথা কাপ্পদা পাল্লগা পাঞ্জল কারে হায়বা হেক্তা য়াদ্রি। পাঞ্জল কাবগী মরম কয়ামুক লৈরি। মরম চুমদ্রবদি লমথা পাল্লবস্থু পাঞ্জল কাদ্রি।

(ক) মতাই লমথা :—মতাইগী লমথা কাপ্পদা কাপলকইবা কাংনা খিল্লিবা কাংদা পাল্লগা ময়ুংগী লিরি নত্রগা কাংখিল পরিং, চ্যেকফৈ কাংখুল ফাওবগী মন্নুংদা নন্দুনা তারবা, নত্রগা চ্যেকফৈ কাংখুলগী শরৈতেনবদা হায়বদি ময়ুং লিরিগী রাংমদা (শায়ফমগী

কাঞ্জলা ) তারবা, তারক্লিবা কাং অহুনা কাং কাভম লিরিদগী হেন্দুনবা অহু ওইরবদি মতাইগী কাং অহু মরম চুম্না পাল্লে। মরম চুম্না পানবা কাংদি পাঞ্জল কারবনি। কাং কাভম লিরি লাপ্তোকখ্রবদি মখোই রারম অনি করি অমতা থম্নরোই। কাংবান চুমত্রে। অহু ওইরবদি পাঞ্জল লৌত্রে। কাং অহু শিবা কৌরে। ময়ুংগী লিক্লিগু শোক্তবা, কাংখিল পম্লিংগু শোক্তবা চোকখৈ কাংথুলগী লমদা কাপলকইবা কাং অহুনা তাররবদি কাং কাভম লিরি য়ৌত্রবসু কাং অহু শিরে। পাঞ্জল লৌদে। কাং খিনবীম্লিবা মীনা চেকশিনবীগদবদি খম্ননিংচাই লৈত্রব। কাং কাভম হেন্দোকলক্লবা কাপলকইবা কাং অহু হকচাংগী করিগুম্বা মফমদা নত্রগা করিগুম্বা শোং অমদা থেংহুনা কাং কাভম লিরি য়ৌনা হক্তংখ্রবদি তানিংবা মফমদা তারুহুনসু পাঞ্জল কাখ্রে। অহুনা মতাইগী লমথা কাপ্পদা মরম চুম্না পাম্লবা, অম্যুক্তং পানবদা পাঞ্জল কাননবা রাখল তৌনা কাং কাপনৈ।

(খ) অহানবা কাপ্পা মতাইনা কাং পাল্লবদি লৈহৌরিবা মতাই অমতুসু কাপ্পা য়াই। মতাই অনিমক চপ মান্নে। অহানবা কাপ্পা মতাইনা কাং পাল্লগা শিরবদি অকোনবগী মতাই অহু মরক্তী লমথা কাপত্রিঙৈদা কাপ্পা য়াদে। মরক্তী কাপত্রিঙৈদা মতাই অমনা শিরগা মথংদা লৈহৌরিবা মতাই অহুসু লমথা ইনবদা করিগুম্বা পাম্লরবদি মরম চুম্না পাল্লগা পাঞ্জল কৌই; মরম চুমত্রগা কাং শি। মতাই অহুনসু শিরবদি মতাই অনিগী তাইনবা মতাই মথং অনি অহু মতাইগী থুবম কই। মতাই থুবম মকলবা অনিমক কাং শিবা শিদ্রবা য়াইগনি। মতাই অনি শিখ্রবা তুংদা মতাই ওইরবা মতাই [illegible]

অনি অহুম্ন কাপ্পদা পাল্লগা কাং শিহৌরবদি—লৈহৌরিবা ভাইনবা কাংখুল অহুম্ন মতাই অহুম্নক ওইগনি। অর্থদি মতাই অনি খুৎকাপ অমতদা শিন্নবদি মথং মথং শিথৈ হায়রবনি।

মসি কোক্কবা উপায়দি, (i) মতাই অমনা কাং পাল্লগা কাং শিন্নবদি লৈহৌবা মতাই অহু-ইকোন কোম্না কাপ্পা, (ii) মতাই অমা শিন্নগা মরক্তগী অমনা লমথা পাম্নবা কাপ্পা, অমস্থং (iii) মতাই অনিমক শোয়হুনা নত্রগা থৌশাদবদগী মরক্কী লমথা ইন্দ্রিভৈদা চপ মান্ননা শিমিন্নরবদি অনিমথং নত্রগা লাংজৈনা হান্না কাপ্পা অসিনি। মতাই শিবগা মরক্কী লমথা অমতং পাল্লবদি পাঞ্জল কারে। কাংলোন অসিবু অনি পাল্লগা পাঞ্জল লৌনবা কৌই। মতাই অমনবু শিত্রবদি মতাই অশিবগা থংনবা মতাই মথংনা লমথা পাল্লবস্থ পাঞ্জল কাই।

( **অকুপ্পা কাংলোন**ঃ--মতাই শিরবস্থ মরক্কী লমথা পাল্লগা পাঞ্জল হেক কাদে। মরক চংফম লৈরবদি মরক চংখিগনি। )

(গ) খুৎকাপ লানখ্রবদি অহানবগী খুৎকাপ্তা মতাই শিখি, হুন্দক্কী খুৎকাপ্তা মরক্কী অমনা লমথা পাল্লগা পাঞ্জল কাগনি থনবা চুন্নদে। খুৎকাপ লানখ্রবদি অশিবা কাংখুল অহু হুন্দোক্লগা লৈহৌবা কাংখুন্দা—লমথা কাপ্পগী নিয়ম, পাঞ্জল কাবগী নিয়ম কান্নদনা কাপকনি। শিখ্রহুনা কাংখুল মাঙখ্রবা মীশিং অহুনা মাগী থনেবা কাংখুন্দা চংহুনা কাপকনি। মসিবু কাংখুন লোম্নবা কৌই।

(ঘ) মতাইদা কাংখুল লোম্নরবদি অরোনবা কাংখুম্না হাম্না কাপকনি নত্রবদি লোম্নদবা মতাইনা হাম্ন কাপত্নুনা করিগুম্না শিন্নদা থোক্লবদি অরোনবা কাংফমগী কাংবান শোয়বদা মথং মথং শিথরকনি।

(ঙ) অহানবগী থুংকাপতা মতাই অনিমক শিরমলবদি অকোনবগী থুংকাপ্তা মতাই মথং অনি অহুদা কাংখুল অনি লোয়গনি। অহু গুইরবদি মতাই লোয়বশিং অহু থম-থমনা কাপকনি।







অসুম্না অহানবগী থুংকাপ লানথ্রগা অকোনবগী থুংকাপ লাকপদা কাংফম অনিদগীসু হেম্না লোয়রবা য়াই।

৭। **মরক চংবা :**—মতাইনা লমথা পান্দবা শরুক্লা শমক। লমথা কাংখুন্দা লমথা পাল্লবদি মরক চংগনি। মরক চংবদা ভুমলগা পাঞ্জল কাগনি ভুমত্রগা পাঞ্জল লৌদে। মরক চংবগী পথাপ মথাদা উৎলি।

(ক) মরক্কী কাংনা লমথা ইনবদা হেক পানবদা ফল (effect) অমা ফংই। ফল অচ্চাদ কাং হনবা নত্রগা কাং হন্দবা অসিনি।




⊖ - KANG , T = TARGET

নং ১৬

মসিগী ফল অসি কাপলকইবা কাং অত্তুগী তাকম মতুং ইন্না লেপ্পী। কাপলকইবা কাং অত্তুনা কাংখুল অত্তুগী চোংকৈ কাংখুলগী লমদা তারবাদ কাং হনবা কৌই। নম্বর ১৬ তা য়েংবীয়ু—O অসিনা কাং খঙনরি। T ( Target ) কাং খিনফম খঙনরি। মতাই মথং ( ২ ) দগী O না মাথয়োক্লবা মতাই মথং ( ২′ ) T দা থেংলে।

কাপথিবা কাং অহু মতাই মথং (২) কাং থিনফমগী চোকটৈ কাংথুন্দা তারে। চোকটৈ কাংথুনগী লমদা কাং তারবা কাং হল্লে।

অমুকা হেংবীয়ু :—মতাই মথং ওইথংবা (2) দগী মতাই মথং মায়য়োক্লবা (2) কাং কাপলি। লাংজৈনা লাংজৈদা (4·4) কাপলি। মতাই মথং (2) দা চোকটৈ কাংথুনগী ওয়-তৈনবদা লাংজৈদা লমথাগী ময়ুং লিরি নন্দুনা কাপথিবা কাং তারে। অস্নুমা চোকটৈ কাংথুনগী ওয়-তৈনবা লমদা অমদি ময়ুং লিরি নন্না লমথা কাং তারবদি কাং হন্দবা কৌই।

কাং হুনবা হন্দবগী কাং মরক চংবগী কাং থিনফম অমদি কাং থাহুনা কাপকদোবা মফম অহুদি অমগা অমগা চপ মান্নদবনা মথাদা তাক্লি।

(খ) মরক চংবগী অর্থদি মরাক্তী কাংথিল পরিং মতুং ইন্না অতেনবা লমথা কাপ্পনি। কাং থিল্লিবা কাংথুংকী ঙমখৈদা কাং পানথিবা মী অহুনা চংলকতুনা ইনগদবা লমথানি। থিল্লিবা কাং অহুদা পাল্লগা লোইদে।

(গ) মরক চংবগী কাং কাপফমদি মতাই মথংগী চোকটৈ কাংথুনগী মপাদনি। কাংথুলগী মতুং ইন্না লমথা কাংথুন্দা কাংথিন থিনগনি। মরক চংবগী কাং কাপফম অমদি কাং থিনফম খঙবা অসিনা কাং শান্নবগী খ্বায়দগী মরু ওইবনি।

(ঘ) কাং খিল্লিবা মফম অহু কাপলিবা কাংনা অমদি কাংগী শরুক অমনা ননগদবনি। থিল্লিবা মফম অহুদা কাপলিবা কাং অহু লেপহনগদবনি। কাং থিনফম অহুদগী হেন্দোকথিবা অমদি য়ৌদবা ইয়া য়াদে। অকুপ্পা মরোল মথাদা লাক্লি।

(ঙ) য়াম্না চোকশিনবীগদবদি মরক চংবগী কাং লৈপাক্তা থাবা (কাপকম) মতাইমথংগী চোকফৈ কাংখুল থঙবা অসিনি। মতাইনা শিবা মরমদগী মতাই মথংগী চোকফৈ কয়ামুক লাকনি। চোকফৈ কাংখুল অহু মপা লাকতুনা কাং থাভমগী পনথৈ লৈই ওইগনি। লৈই অহু কাং থাবা মতমদা শোকপা য়াদে। লৈই অমদি কাং খিনফমগী ব্রাংমদা কাং থাগনি। মরক চংবা মতমদা লমথা কাংখুল অমা নত্রগা অমদগী হেন্না লাম্রবা অমদি মতাই মথংগী মতৌগুম্না কাং থাফম চোকফৈ কাংখুল লৈত্রবদি মরক চংবা য়াদে। অহুনা মরক চংফম লৈতবা লমথা কাংখুন্দা লমথা পাল্লবদি মরক চংলরোই, পাজল কারে।

(চ) কাংখিল পরিংদগী শান্নফমলোমদা ইঞ্চি তরুকলোম কাথংলগা মরাক থুংবা লৈই অমা লৈ নিংগনি। লৈই অহুদা লমথা কাংখুলগী মখুং লিরি মতুং ইন্না কাং খিনগনি। শম্না হায়রবদা মখুংলোমদা ইঞ্চি তরুকলোম কাথংলগা কাং খিনগনি।

(জ) কাং খিনবদা কাংগী মাইওন করি অমতা কায়হল্লোই। লমথা অশাংবা কাপ্পনা কাংগী অথাবদা পালহনবনি, মরক চংবগী কাংদি কাংগী অপাকপা শরুক্তা পালহনগদবান। মরক চংবগী কাং খিনবদি য়ারিবমথৈ লৈমাইদা থম্বগা মাম্না য়াংনা খিনগনি—অহুভদা কাপলকইবা কাং অহু নাম্তোকতুনা চংখিগনি। কাং নাম্তোকতুনা চংখবদি কাং খিনফম অহু হেনথিবা য়াই। কাং হেনগ্রবদি কাং শিরে। কাং শিরবদি পাঙল কাত্রে।

(খ) মরক চংবগী কাং খিনবা অমি য়ায়া নুই। খিল্লিবা কাং অহু তুরবদি হৌগৎতুনা কাং খিনফমদা খুৎনা পায়গনি। কাংবা হেক পানবগা থায়োক্লনি। কাপলকইবা কাং অহু য়ায়া তোয়না হেনগননবা নত্রগা তোয়না য়ৌদবা থোকল্লি। মরম অহুনা কাপলকইবা কাং অহু খিল্লিবা কাং অহুদা মমিংতা ওইনা থেংনবা কাপলকপনি। অখিনবনা য়ারিবা মখৈ থেংনদনবা—থেংনরবস্থ লৈই কাং খিনফম অহু হেন্দোকখিননবা হোৎনবনি। অহুনা য়ারিবা মখৈ খিল্লিবা কাং অহু তুদননবা খুৎনা শঙতুনা থমগনি।

**চ্যেকশিনবীগদবা** :—মরক্কী লমথা পানখিবা কাং অহু মরক চংক্কম থোকই থোক্তে নিংথিনা খঙবীগদবনি। মতাই শিথ্রবা মতমদা অনি পাল্লগা পাঞ্জল লৌনবা ওইরবদি মরক চংলরোই। কাং হুনগৎখিবা য়ারে। মতাই পানখিদবা মতমদা পানবা মরক্কী কাং ওইরবা অমদি কনাগুম্বনা মরক চংখিবদা কাং য়ৌখিদবা লৈথ্রবা অহু ওইরবদি পাল্লিবা মরক্কী লমথা অহু মরক চংথিগনি। মরক চংগদবা লমথা কাং অহু কাওতুনা হুনগৎথ্রবদি মরক অমুক চংলরোই, পাঞ্জল কাথে।

৮। **মতাই মথংদা মরক চংবা** :—মতাই মথংনা মরক চংবা তারবদি কাং হন্দ্রগা থংনবা অনি মথংগী লমথা কাংখুন্দা ইক্কি তরুক কাখৎলগা কাং খিনগনি। কাং কাপখিবা মী অহুনা চংতুনা মতাই মথং অহুমক্কী চ্যেককৈ কাংখুন্দা কাং থারগা কাপকনি। O অসি কাং ওইরসম্ভু (2M) মতাই মথংদগী—মতাই মথংদা (2′) কাং পানথে। O অসি মতাই মথং (2′) গী চ্যেককৈ কাংখুনগী য়াংমদা তাথে, নত্রগা ময়ুংগী লিরি নন্দুনা তাথে, হায়না থল্লসি—

অহু ওইরবদি কাং হৃন্রে। অহুনা O অসি মতাই মথংগী চোক্কৈ কাংখুনগী মপাদা পুরকহুনা কাং থারে। মতাই মথংগী মী ( 2M ) চঃহুনা ফমথরে। কাংবিল T অহু অনিমথং ( 3′ ) লমথা কাংখুন্দা থিরে। O অসি ইরে। O না T নল্লবদি পাঙ্জল কারে। অদুগা লমথা কাপলরোই—চোক্কৈ কাপলগনি। অমুক O অসি T দগী হেনথরে। কাং শিরে। থংনবা লাংজৈ ( 4 ) অসি মতাই ওইরে।




M = PLAYER , * = CHEKFEI POINT

নং ১৭

কাপলিবা মী অসিনা ইকোন কোনবা ওইরবদি খুৎ থারে। মায-য়োক্লবা কাংখুৎনা কাপলগনি। অহু নত্তহুনা মহাক্কা অহানব কাপ্প ওইরবদি মতাই মথং ( 2′ ), অনিমথং ( 3′ ) লাংজৈ ( 4 ) অক্তম অসিগী মরক্তা অমনা লমথা পাল্লগা পাঙ্জল কারে। পানবা ডম-হৌত্রবদি খুৎ থারগনি—পাঙ্জল থাবনা কাংশিগী মফমদা রেং ৩ ( হায়না ) ইগনি।

অমুক O অসি T য়ৌরম্ভু। অদু ওইরবদি অনি মথং (3) অসি মতাই ওইরে। মতম অসিদা লৈহোৌবা মতাই মথং (2M) মা লমথা কান্নদা পান্নগা কাং হুন্দ্রবদি—মথক্কী নিয়ম অসিগা চপ মান্নবা মরক চঙগনি। অহানবা মতাই মথংনা মরক চংবদা য়ৌরম-দবনা অকোনবা মতাই মথংনা মরক চংবনি। মহাক্কা পাল্লিবা কাং অদুনা হুল্লবদি মরক চঙলরোই। মরক চংবদা লাম্থোকপা ওমদবা (কাং খিল্লিবদু থেংদবা) কাং কাপফম অমস্তুং কাং খিনফমগী মরক্তা লৈবশিং অমদি কাং শিরবদি খিনফম অদু ফাওবা শিরে। কাংশিনা কুপশুবা লমথা কাপহোৌদবা কাংখুন্দা ফর্মলিবা মীশিং অদুদি থংনবা কাংখুন্দা চংদুনা কাপকান। পাঞ্জল কাহোৌবা ওমদনা খুৎ থাবা তারবদি অকোনবগী খুৎকাপ্তা লেমহোৌবা ফিভম অদু শমথদুনা পাঞ্জল মপুং ফাননবা হোৎনগনি। মতম অসিদা ওইদা শিবা কাংখুল মশিং ওইগী কাদা, য়েত্তা শিবা মশিং য়েৎকী কাদা পাঞ্জল থাফমদা ইশিনগনি। অসুম তৌদুনা খুৎকাপ লানগ্রবদি হুল্লকপা মথংগী খুৎকাপ্তা কাংখুল কয়ামরুম কাংখুল অমতদা লোন্নরবা শোয়ত্রবনি।

(খ) মতাই মথংনা কাং হুল্লবদি থংনবা মতাইগী লমথা পরিংদা (ময়ুংদা) কাং খিনগনি। মাগী কাংখুল নত্তবা অতোপ্পা মতাই মথং অদুগী চোকথৈ কাংখুল মপাদগী কাং ইল্লকনি। পাল্লগা পাঞ্জল কারে। পান্দ্রগা অমতা তায়বা কাংখুল কৌরে, কাপহোৌদবা মরাল্লা চংদুনা কাং অদু পান্নবা কাপকনি। খুৎকাপ লানখিবা থোক্লবসু মথংগী খুৎকাপ্তা কাপকনি। কাং অদু পান্দ্রবা মথৈ পাঞ্জল কারোই। য়েত্তা লেম্বা কাংখুল ওইরগা ওই ৬, ওইদা লেম্বা ওইরগনা য়েৎ ৬ অমম্লা কাংশি মাশং ইফমদা ইগনি।

কাং হল্লগা মরক তেম্না চংগদবা পাল্লগা পাঞ্জল কাগদোবা ওইরবদি মরক চংলোই।

(গ) মতাই মথং 2M না মায়য়োক্নবা 2′ বা কাপই। O ( কাং ) 2′ গী নাকন্দা তারে, কাং হল্লে। কাংখিল T অসি থংনবা মতাইগী লমথা কাংখুল মন্নুং লিরিদা ( 1′ ) খিল্লগনি। কাপলকইবা কাং, O কাংখল পরিংগী ওন্ন তৈনবা মতাই মথংগী চোংকফে ( 2* )




নং ১৮

মতাই মথং কাং হনবা

তম্না চংখরে। নকম অত্তুদা কাং থারে। কাং কাপ্পা মী 2M কাং থাকম 2* দা চংখরে। হৌজিক O অসিনা T দা পাল্লবদি পাঞ্জল কারে পাল্লবদি। মতাই 1′ গী লমথা কাংখুন্দা কাং কাপলিবা মায়কৈগী 2′, 3′ 4 3 চংলকতুনা কাং কাপকনি। পাল্লগা পাঞ্জল কারে।

**স্লেংবাগল্লবা :**—মরক চংবনা কাং খিল্লিবা মায়কৈজনি। মরক চংবগী ফলনা কাং কাপলিবা কাংখুং অমদি কাংখুল অছুনা ফাই।

১ **অনি মথংনা মরক চংবা :**—কাপলিবা কাংখুনগী নকুবা মতাই মথংগী চ্যোকফৈ কাংখুন্দা কাং থাগনি। কাং হল্লগা ওন্ন তৈনবা অনি মথংদা কাং খিনগনি হন্দ্রগা লাংজৈদা খিনগনি। কাং শিবা, কাং লৌবা ( correct or incorrect ) মরক চংবা খুদিংদা চপ মান্নে।

কাং হনবা অমস্নুং হন্দবা




নং ১৯

(ক। সুপনমক্কুবু 3 M না ( অনিমথংনা ) কাং ( O ) কাপলে। পাল্লে, O অসি অনিমথং ( 3′ ) গী চ্যোকফৈ কাংখুলগী ওন্নতৈনবদা তারে নল্লগা ময়ুংগী লিরি নল্লে হন্দুনা কাং হন্দ্রে খল্লসি। অদু ওইরবদি O অসি নকুবা ময়াই মথং ( 2′ ) গী চ্যোকফৈ কাংখুনদা থমলে কাং কাপলিবা 3M চংখরে। কাং খিনবা কাংবুনা অনি মথং ( 3′ ) গী T অদু লাংজৈগী লমথা কাংখুন্দা ইঙ্ক তরুকলোম কাখংলগা খল্লে। O না T গী মফম অদু নন্দুনা তাহল্লবা কাপকদবান।

(খ) খুপনমক্তুবু—3M না ( অনিমথংনা কাং কাপ্পদা ) কাং O অদু লমথাগী লিরিগী মাকন্দা চোকচৈক কাংথুন্দা তারে অদুনা কাং হল্লে খল্লসি। অদু ওইরবদি ওন্ন তৌনবা অনিমথংদা কাংথল ( T ) খিনগনি। কাপকমদি চপ মান্নে।

অহানবা খুৎকাপ্তা মতাই শিন্দবা




নং ২০

(গ) মথংগী খুৎকাপ্তা অনি মথং ( 3M ) গী লমথা কাংথুল অসি মতাই মথং ওইররে। মরক চংবদা মতাই মথং মরক চংবগা চপ মান্নে। থংনবা লমথা কাংথুন্দা কাং খিনগনি। কাং হল্লগা মতাই মথং কাং হনবগী নিয়ম তৌগান। মতাই ওইরবা ( 2' ) দা কাং খিনগনি। মতাই শিদবা নাকল অমগী অনি মথংদি হান্নগী অতুনি।

**য়েংবিগদবা**ঃ—অনি মথংবু মতাই মথং কৌরগা কাং হন্দবগী মরক চংবদা করিগীদমক লাংজৈদা মরক চংবগী কাং খিল্লিবনো হায়না হংনিংঙাই লৈরে। পাওথুমদি—লাংজৈনা কাংখিল পরিংগী তংথাইনি।

নাকল নাকলদগী কাংখুল মমিং খোল্লকপনা। লাংজৈনা খন্মী। অতুনা লাংজৈনা মতাই ওইবা মতমদা কাংখুল মাঙজিবা নাকল অমগী কাংখুলশিং অতু মমিং হোংদে। মতাই শিরকপা মতুং ইন্না কশিবা মায়কৈগী কাংখুল মমীংশিং অতুগা অমগা অমগা লোয়ে। মুপন-মক্তব্ মতাই ( 1 ) অসি শিরে খল্লসি অতু ওইরবাদ মায়য়োকনবা কাংখুল কাং কাপলিবা কাংশংনা মতাই মথংগা মতাইগা ( 2-1 ) অনি মথংগা মতাই মথংগা পুল্লে ( 3-2 ), লাংজৈগা অনি মথংগা ( 4-3 ) পুল্লে হায়না খঙনগনি। তৌইগুম্বসু লাংজৈদি কাংখুল মশিং থিবগী খমফমনি অতুনা মসিনা মতাই মথং খক ওইবা য়াদে। খমফম ওইবা মরমনা মতাই ওইবদি য়াই। অতুগী মথক্তা মসিগী চোককৈ কাংখুল অনি লৈ। মতাই ওইবা মতমদদি মপান থংবা চোককৈ কাংখুল মাঙজখি।




নং ২১

(খ) অনিমথং ( 3-3′ ) না মতাই ওইবা মতমদা লৈহৌরিবা অনি মথং ( 3′M ) না মরক চংবা তারবদি কাং হল্লগা মরক চংগনি। থংনবা মতাই মথংগী (2) চোককৈ কাংখুলদগী কাং ইনগনি। লাংজৈগা

কাংথজ ( T ) থিনগনি। কাং হল্লবদি মরক চংলরোই। মরমদি কাং হনবা মতমদা ( 3′ ) ( 2′ ) ( 1′ ) দা কাংথিল থিনবা তারে। ( 3′ ) ( 2′ ) ( 1 ) অসি হাল্লগী অনি মথংনি। থংনবা কাংথূল অনি ( 1′-2′ ) শিথিবনা হৌজিক মতাই ওইরে। অনি মথংনা কাং হল্লগা মতাইদা কাং থিনবদি নিয়ম নত্তে।

য়েংবিগদবা :---কাং হল্লগা মতাইদা কাংথিল ( T ) থিনবদি মত্তাই মথংগী মবক চংবা মতমদতনি অতৈদদি য়াদে। মতাই ম ংগী মরক চংবদা কাং হনবা ওইরবদি নকলবস্থ লাপলবস্থ পাল্লগা লোইরে। মতাই মথং নত্তবা অনি মথং ( 3′-3-4 ) অমম্মং লাংজৈগী মরক চংবগী কাংথিলাদ ( T ) মতাইগী লমথা কাংথূল লিরিদা থিনবা ইয়া য়াদে।




নং ২২

(৬) **লাংজৈনা মতাই ওইবা** :—লাংজৈনা মতাই ওইবা মতমদা নাকল অমদা লৈহৌরিবা অনিমথং ( 3′ ) অসিনা লমথা পাল্লবদি মরক চংলরোই। কাং পাল্লগা পাজল কারে। কাংথূল মশিং থিবদা লাংজৈদা থম্বা মরমনা কাং পাল্লিবা অনি মথং অহু

অহুগী অমগী লমদা কাং তারবদি কাং হুল্লি। কাং অহুনা কাংথুন্দ ময়ুংগী লিরি নল্লবদি কাং হুন্দে।

4M না 4 দা কাং কাপই। চোকচৈফগী লমদা কাপখিবা ( O ) কাং তারে। O অসি হৌজিক মতাই মথং ( 2′ ) গী চোকচৈফ কাংখুন্দা থমগনি—অতোপ্পা মতাই মথং ( 2 ) দা কাংখিল ( T ) থিনগনি।

(খ) হৌজিক 4M গী কাং ( O ) ময়ুংগী লিরিদা নল্লে। অহুনা




নং ২৪

কাং ( O ) অসি মতাই মথং ( 2 ) গী চোকচৈফ কাংখুন্দা পুরকলে। কাংখিল ( T ) লাংজৈ লাল্লগা লৈরিবা অনি মথংদা থিল্লে।

(গ) হৌজিক ওইথংবা মতাই ( 1-1′ ) শিরবান। মতাই অসি 2-2′ না ওইরে। মতাই মথং অমসুং অনি মথং পুন্না অনি মথং 3′-3 না পুরে। কাং কাপ্পদা হল্লে হায়না নিংজশি। অহু ওইরবদি লাংজৈনা ( 4M ) কাং কাপ্পদা কাং হনবগী মরক চংবদা

কাং কাপকম ওইখিবা মকম অতু ওইগনি — অতুগা খিনকমদি হৌজিক মতাই মথং অমসুং অনিমথং পূম্ন। ওইরিবা ( 2 ) 3 অসিদা কাংখিন ( T ) খিনগনি।




নং ২৫

অতুগা কাং কাপলকইবা অতু হন্দ্রবদি নং ২৪ ( খ ) দা হায়খ্রে। মতাই মথংগী শরুক য়াারবা চোংকফে কাংখ্রন্দগী কাপখিবা কাং থাগনি।

(ঘ) হৌজিক নাকল অনিমক্কী মতাই শিরে। লাংজৈনা (4)




নং ২৬

মরক চংবা তারবদি কাং হনবা হন্দবগী ফিভম চপ মান্নরে। চংফম ওই য়েংদ মান্নদবতা মঙাইরে। কাং খিনফম, কাং কাপফম ওন্থোক ওনশিন তৌবতনি। কাং খিনফম মায়কৈদগী কাং ইনখিবা, কাং ইনফম ওইগদবা মায়কৈ অদোমদা কাংখিল কাং খিনবতা হোংদোক হোংজিন তৌবতনি। ( Vice-Versa ) মরমদি কাংখুল লোন্নবদগী থোকখিবনি।

(ঙ) য়েংথংবা থংনবা কাংখুল অনি শিন্নবা মতমদা লাংজৈনা মরক চংবদি কাং হল্লগা মরক চংগনি হল্লবদি চংলরোই।




নং ২১

স্থপমক্তবু লাংজৈ 4M না লমথ্যা ইল্লে। কাং হল্লে মশামকী চোককৈ কাংখুন্দগী কাং ইনগনি। লাংজৈগা থংনবা মতাই মথং অনিমথং পুন্না ( 3 ) কাংখুন্দা কাং থিনগনি।

(চ) লমথা কাংখুল কয়ামুক শিখিহনা কাংখুল অহুমদমক ওায়রবদি ময়াই থংবা অহু লমথা পাল্লগা মরক চংলরোই পাঞ্জল লৌরনি।

———

# অকুপ্পা মরোল

## ( মতাইনা মরক চংবা )

লমথা কাংখুল তরেৎকী মমুংদা তরুক শিহুনা কাংখুল অমতা ভায়রবা, কাংখুল অতু ওইনিংবা অমা ওইরসনু লমথা পাল্লগা পাঞ্জল কাবা ওইদ্রে। মতাইগী কাংবান্দা পাল্লবদি পাঞ্জল কাগনি। নত্রবদি মরক চংথগনি। মতাইগী মরক চংবদি কাপলকইবা কাং অতুগী তাকম অতুদগী মরক চংবগী নিয়মদা খিল্লবা কাদা মরক চংবগা চপ মান্নগনি। অতুগা মরু ওইবা অমনা কাপলকইবা কাং অতু মরক চংদ্রিবৈদা শোকউবা য়াদে। তারিবা ফিভম অতু কায়হনবা য়াদে। ফিভম অতু কায়হন্দনা কাং ইনগদবনি। পাঞ্জল কাননবা কাংথল মফম নলহনগনি—ভমদ্রিবা ফাওবা খুৎকাপ অমদা মী খুদিংমক্তা অমুক অমুক কাপকদবনি। অহানবগী খুৎকাপ্তা ভমত্রবসু অনিশুবগী খুৎকাপ্তা—অনিশুবদা ভমত্রবসু অহুমশুবগী খুৎকাপ্তা অসুম্না পাঞ্জল কাদ্রিবা ফাওবা কাপ্পা তাহ।

**য়েংবীগদবা :**—অনি পাল্লগা পাঞ্জল কানবা অপোবা কাংলোন্দা নত্রগা অকুপ্পা কাংলোন্দা কাং শান্নগনি শান্নরোই হায়বহৌদি কাংখুৎ মশেন্না নত্রগা বোর্ডনা হান্নন লেপকনি অমসুং খঙনগনি। অপোবা কাংলোন্দা কাং শান্নগান হায়না খঙনরবদি অকুপ্পা কাংলোন ইল্লরোই। অকুপ্পা কাংলোন শান্নগনি হায়না খঙনরবাদ—কাংলোন পুমনমক চংই।

শান্নবা অসিগী কাংলোন্দ শান্নবা য়াওরিবা খুদিংএকনা খঙবনা খান্নদগী হেন্না ফৈ।

১১। কাপলকইবা লমথা কাং পুন্নমক মক্ল ওইনা মরকতা শান্নরিবা কাং থিল্লিবা পুন্ননমক কাং ফাতম লিরিগী মতুংদা লেঙহন্দনা ফাবিগদবনি। হকচাংগী করিগুম্বা শরুক্তা থেংনুনা কাং অত্থু চেল-হল্লিংবা মায়কৈদা চেলহনবা য়ারোই। কাং অত্থু ফাবা খুদোং চাহৌত্রবদি মশাগী অতাবীদা থাদোকদবনি। নিয়ম কায়না চৎলবদি কাং কাপলকইবা কাংবুগী ফননবা অম্পাইন্নারনা মিৎয়েং চংগনি।

১২। **নুপী থুৎ :**—নুপী মঙা নুপা অনি পূন্দুনা কাংথুৎ শাবা অমদি নুপী মরি নুপা অহুম পুন্না কাংথুৎ ওইবা কাং শান্নবদি



নং ২৮

মরক চংনরোই। নুপা অমমমনা মতাইদা ফমগনি—লেমহৌবা অতৈনা মরক্তা ফমগনি

মুপা মরিগা মুপী অহুমগা মীচং ওইবা মতমবদি চৎনরিবা কাংলোন অমতা কায়দনা শান্নগনি। ফমনিংবা কাংথুন্দা কম্বা য়াগনি। মুপীথুং শান্নবদা লমথা ইনগনি।

লমচৎ ব্যবহার ফজবা কাং শান্নবগী খ্বায়দগী মরু ওইবা পোৎচংনি।

১৩। করিগুন্দা বোর্ড অমনা টুর্নামেন্ট ওইনা শান্নহন্নবগী থৌরাং তৌরবদি মথক্কী কাংলোন অসিগী মতুং ইন্না কাং শান্নগনি। শান্নবগী থৌরাং বোর্ডনা তৌগনি।

---

## লোইরবা



